# মীহৌরোন্

0



0 0


অইবা :—

লৈশংখম গোকো শুমন,চা

সনা পোকপা চকপা মৈতৈ

অক্রো মনিপুর।

# মীহৌরোন

অন্দ্রো

মনিপুর।

—ঃ( ০ )ঃ—

অইবা :-

লৈশুংবম. গোলো খুমন,চা

-সনা পোক,পা চক,পা মৈতৈ,

অন্দ্রো৷ মনিপুর।

অইবা :—

লৈশ্রংবম পোলো খুমনচা।

অফোংবা :—

অইবা মশামক্।

কোপী মশীং— ১০০০ ( লিশিং অমা )

তাং ২।১১।৯২ ইং

নম্ফম :— ডিঃ এমঃ প্রেস, পোলোগ্রাউণ্ড মনিং, ইম্ফাল।

# রাহৌদোক

মীহৌরোন হায়বদি মী, হায়বসি মতৌ করম্না মফম কদাইদগী মওং করম, হৌরক্‌পনো হারবসি ময়াম্না হেন্না খংবীরবনি। অদুবু ঙসি ফাওবদা মী হৌরক্‌পা মফম্ অদু অসিনি হায়দুনা চপ্‌ চানা লেপ্পুনা মফম্‌ অদুবু তাক্‌পা ঙাইবা থেংনদবগুম্‌ তৌই। শক্তি লৈরবা জীব পুম্নমক্‌কী মকোক্‌ থোংলবা মীওইবগী হৌরক্‌ফম্বু হৌজিক্‌ হৌজিকসু মৈহৌরোন্না ময়েক্‌ লানা উংলবস্তু পৃথীবীগী মীয়াম্না মৈহৌরোনবু মাহৌরোন্নী হায়বসি উবীদবগুম্‌ তৌই। মী হায়বসি অমম্বা লোক্তগী হৌরক্‌পনি। অদুবু মসিগী মরী মথোং মরু মরাদি মীহৌরোম্না মীহৌরোনগা মরি লৈননা ময়াম্না তুত্তিগী তৌরিবা উরিবা মফম্‌ অসিগী অইবা রাহৈ অমনিদং থমদবসি! ময়াম্‌গী অবাৎপা অমা ওইগদ্রা খন্‌জহুনা মীহৌরোন্‌ কৌবা রাহৈ অমনিদং ইকবনি অইববু মীয়ামগীনি খন্‌বিহুনা ইরান ইহুই পুম্নমক্‌ ঙাকপীয়ু।

অইবা

শ্রীলৈশ্রংবম্‌ পোলো খুমনচা

অন্দ্রো খুমন্‌

মনিপুর।

১।৪।১৯৯২

# মীহৌরোন্

## ( তাইবঙ্ শেম্ মিঙ্গদা কনা লৈরম্মী ? )

তাইবঙ্পান্ শেম্ম্রিঙ্গদা—হ'য়বদি, ক', মাকেম্, লৈপাক্, শেম্ম্রিঙ্গ, হারং হায়বদি, অহাংবা শেম্'ঙ্গ। চমিক্ হায়বদি, মমিং শেম্ম্রিঙ্গ। সাথা, থা, শেম্ম্রিঙ্গ। হোন্, খোং, শেম্-ম্রিঙ্গ। কিতিং পুং শেম্ম্রিঙ্গ। খৌরান-মীচাক্, খোংজোম্ মুবী, শজীক্, থাবা, ওক্পুমোই, তাউহুইরেং, মমক্সি শেম্-ম্রিঙ্গ। অচৎ-চত্ত তাইবঙ্সি কনাস্ন, করিম্ন, লৈম্রিঙ্গদা, মপু মথন্দা লৈরম্মী। মপুনা মথন্দা লৈম্রিঙ্গগী মওংদি কোইরপ্ কোই, তুমবক্ তুমই।

## ( তাইবঙ্পান্ করম্না হৌরক্খি ? )

মপুনা মথন্দা চহি মশিং হায়ঙম্ থাঙমদা মতম্ কুইনা, মুংশাংনা, লৈবাসি মুংতাইবক্তে, মসিদগী মপুনা খোইরাং খোইশাও-মক্ই। মতুদগী য়াইবী অনি য়াইরেন্ অহুম্ থোকই। য়াইবী অনি য়াইরেন্ অহুম্ উবদা মপুনা হায়খি। পারী মওা, থোক্ল-বনিনা হৌজিক্তি ইপা মুংতাইরে পারী মওামক্কা পুন্সিল্লগা মন্দির লাইশঙ্ অমা শও' মতুগী মমুংদা ইপা চংঙগা লৈগে, পুম্নমক্কী মরেক্ মহাউ লোগে থংগে মপুগী গুন্ শক্ শোন্গে হায়'খ।

মতুদা য়াইবী অনি য়াইরেন্, অতুম্না পুন্সিন্নগা মন্দির লাইশং অমা শাখি। মতুগী মনুংদা মপুন্না চংঙগা লৈখি।

## ( মতৌ করম্না মী হৌরক্‌ই ? )

ইহান্ হ'ন্বা মপুগী মিংলেন্দি, পোক্লেন্, পাউবী শিন্দবা কৌই। পেক্লেন, অথাক অবাওগ লোইননা অদর থীরেন্ তৌরকপদা. চেংলৈ অচিবা থোকই। চেংলৈ অচিবদগী কোন্‌শোরেন্ থোকই। কোন্‌শোরেন্দগী অশীবা থোকই। অশিবদগী অপান্‌বা থোক্‌ই। অপানদগী থোইরোম্ অমগী লৈমরেন্, অরাংবী, তিলন্দোন্, তাউরিন্দোন্ তম্বাক লৈহৌ মাইবী, তম্বাক, লৈহৌ মাইবা থোক্‌ই। হায়রিবা লাইশিংসিনা চাক্চা য়াহুপ, তম্নসিকী হায়তুনা. চাক্চা য়াহুপ, তম্নদগী মুমিৎ থোক্‌ই থা থোক্‌ই। ওকপুরোই, তাউহুইরেং, থৌরান্‌মিচাক্, শচীক,. থাবা, খোংজোম্নুবী, লোইনা থোক্‌ই। পোক্লেন্না অশিবা, লৈশেম্মু হায়না থোদাখি অশীবনা, লৈশেমখি।

মতাং অসিদ পোকলেন্না অতিয়া গুরু শিদবা কৌতুনা, অতিয়াগী চুপ, শেন্দা, তোংতুনা লৈ।

য়েইময়াই তাউদন অঙান্‌বা মুমিৎনা. নোংপোক, মাইকৈ পাংবদগী থোক্লকই। মুমিৎন নোংপোক্ মাইকৈ পাংবদগী থোক্লক্পদ, অতিয়াগী চুপ -শেন্দা, তোংতুনা লৈরিবা গুরুগী মীরেন্না নোংচুপ হারম পাংবদা তাই। নোংচুপ হারম পাংবদা

তাব কুরুগী মীরেন্না তাইবঙ্গী অহানবা মুপী ওইখি। মুমিংনা তারম্দাই নোংচুপ্ মাইকৈ য়ৌরক্পদা. অতিয়াগী চুপ-শেন্দা তোংলিব কুরুগী মীরেন্না নোংপোক্ হারম্দা অমুক্ তাই। নোংপোক্ হারম্দা তাবা, কুরুগী মীরেন্না, তাইবঙ্গী অহান্বা তম্বা মুপা ওইখি। কুরুগী তাইনব মীরেন্না ওইখিব মুপী-মুপা অনিসিবু তাইবঙ্ মী হায়না কৌখি।

## তাইবঙ্ মী হৌরক্পা অহানবা মফম্ ঃ—

তাইবঙ্ মী হৌরকপা অহান্বা মফম্, অদুগী মমিংদি, শেল্লোই মকোক্ চীঙ্, নোংমাই মতাইমা, শেল্লোই নীকবরা নীক্ত চীঙ্, নোংমাই হাগবরা হাদ চীঙ্, দেনৌ য়োংপী ছুইথা চীঙ্, নোংথৈ মউ লিংবা চীঙ্, চরিক্ মশান্ থাবা চীঙ্, চাক্—ঙা থেন্বী, অমম্বী লৈশারোক্ কৌই। মথক্কী রাফম্সি থংনবা য়েংসি।

## শেল্লোই মকোক্চীঙ্ ঃ—

মপুগী মীরেন্ অনিনা তাবা চীঙ্ অদুদি মপুনা শেন্নবা লোয়বা চীঙনী। মপুনা শেন্নবা লোইনবা চীঙ্ অদুদি চীঙ্গুম্ন-মক্কী মকোক্নী। অদুনা মপুগী মীরেন্ তাখিবা, মপুনা লোয়নবা শেন্নবা চীঙ্ অদুবু, শেল্লোয় মকোক্ চীঙ্ কৌই।

## নোংমাই মতাইমা ঃ—

অহুগুম্নবা মপুনা, শেন্নবা লোয়নবা; শেল্লোই মকোক্তীগ অহুদি নোংগী মমাইগী তাইনৈ. হায়বদি, নোংমাইনা হাংলা লৈব-গুম্ তাইবঙ,পান্ হৌরক্পগী মতমস্তু শাংগ্রে, অমস্তুং তাইবঙ,পা শন্দোক্পীরম্বা, ইপু-ইবেন্ অনীস্তু অরাংবা মতমগী লাম্বা ফংদব চকাতা লৈংগ্রে।

## শেল্লোয় নীক্কবরা চীক্ত চীঙঃ—

তাইবঙ, মপুনা শেন্ন-লোয়নত্ননা তাইবঙ, উরেন্বু থাখিবা চীঙ, অহুদি, নীক্তে হায়বদি য়ু-হারাবা য়োতে।

## নোংমাই হাগবরা হাদ চীঙ, ঃ—

নোংগী মমাইদি হাদে, হায়বদি য়ু-হারাবা য়োদে। অদুনা মালেমদা য়ু-হারাবা য়োদবা মফম্ অসিবু, নোংমাই হাগবরা হাদ চীঙ, কৌই।

## তেনৌ য়োৎপী হুইথা চীঙ, ঃ—

তেনৌ য়োৎপী হায়বদি মুপা হায়বনি হুইথা চীঙ, হায়বনা মুপী হায়বনি। ইহান, হ'ন্‌বা, তেনবা নৌদবা য়োৎপী অদু চীঙ, অসিদা ইহান, হান্না থাখি। অদুনা তেনৌ য়োৎপী হুইথা চীঙ, হাযনৈ।

## নোংথৌ মন্ডু লিংবা চাঁও :—

ভেংবান্‌বগী মশক্ ওইবা উরেন্ খোংনাং অসিবু থাখিবা অহান্‌বা মফম্ অসুবু নোংথৌ মন্ডু লিংবা চাঁও হায়নরে। মরম্‌সি চায়া অমত্থগী ওসি কাওবদা মাংবে।

## চরীক্ মপান্ থাবা চাঁও :—

চরীক্‌কী মশক্ ওইবা তাইবঙ্‌নী। চরীক্ পরেংশুম্ মফমসি-দগী তাইবঙ্ লেংথোক্‌খি। অদুনা চরীক্ মপান্ থাবা চাঁও হায়-বদি তাইবঙ্ চায় হৌরক্‌ফম্ হায়বনি।

## চাক্-ঙা থেন্‌বী :—

মফম্ অসিদগী তাইবঙ্ হৌখি হায়বসি মীওইবনা কাউদনবগী-দমক্, মীওইবগা য়াম্না নক্‌নবা মরী লৈবা পোংকী মমিং থোল্লি। চাক-ঙা হায়বশীনা মফম অসিদগী মী হৌরক্‌ই হায়বা থংহল্লি।

## অমম্বী লৈশারোক্ :—

তাইবঙ্ মী অমম্বী লোক্তা শাবা লৈশানি তাইবঙ্ উরেন্ মক্ক অমম্বী লোক্তা থাই। তাইবঙ্ হৌরকফম্ কাউদনবা, তাইবঙ্ হৌরকফম্গী মমিং অমনা অমম্বী লৈশারোক হায়বদি অমম্ লোক্ কৌই।

## মীওইবগী জাৎ করম্মা থাইখি ? :—

শেল্লোই মকোক্চীঙ্দা হৌবা মীওইবসি, মতম অমদা, ময়াম্বা তুমু মৈশাংবা, শবীমুংতা নীংথন,য়াং য়াংকোইশাং তোম্বোক্, মরোই বাবা চেংঙাচা, হায়রিবসিংসি লৈরম্মী।

ময়াম্বা তুমু মৈশাংবনা মরোই বাবা চেংঙাচাবু য়াজনিংলে মরম্সিনা ময়াম্বা তুমু মৈশাংবনা, ইরোঈ বাব চেংঙাচ নং হোরেন্দি কদাইদা য়াইরেকনি হায়না হংলকই ?

মরোই বাগা চেংঙাচানা হোরেন্দি বাশা ফৈরাথক্তা য়াইরে-কনি হায়ন খুনখি। মরোই বাবা চেংঙাচানা ময়াম্বা তুমু মৈশাংবগী বাহংসি অমনি খন্দুনা লেকপদি পুতুঙ্ লাংগুং থক্তা লেকখি। হুমিদাংদা ময়াম্বা তুমু মৈশাংবনা, মরোঈ বাবা চেংঙাচাবু বাশা ফৈরাথক্তা থিরুবদা ফংখিজে।

নোং ঙাল্লগা ময়াম্বা তুমু মৈশাংবনা হংলকই। ইরোয় বাবা চেংঙাবা, নং ঙরাংদি বাশা ফৈরাথক্তা য়াইরেকনি হায়রগা লেক্তে নং কদাইদা লেকই হায়না।

মরোই বাবা চেংঙাচানা, ঙরাংদি পুতুং লাংগুং থক্তা লেকই হায়না খুমখি।

অদুদি হোরেন্দি নং কদাইদা লেকনি হায়না ময়াম্বা তুমু মৈশাংবনা অমুক হংলকই।

মরোই বাবা চেংঙাচানা হোরেন্‌স্থ পুণ্ডং লাংণ্ডং থক্তা অস্থম্মক্‌ লেকনি হায়না খুম্‌খি। অমস্থং লেক্‌বদি, বাশা ফৈরাথক্তা লেকখি। ময়াম্বা তুমু মৈশাংবনা মুংতাংদা পুণ্ডং লাংণ্ডং থক্তা মরোই বাবা চেংঙাচাবু খিরুবদা ফংখিদে।

নোংঙাল্লগা, ময়াম্বা তুমু মৈশাংবনা; ইরোয় বাবা চেংঙাচা নংদি লেকনি হায়বদদি ণ্ডক্‌লেক্‌ লেক্তে। নং ঙম্নাংদি কদাইদা য়াইরেক্‌লেই, হায়না হংলক্‌ই।

মরোই বাবা চেংঙাচানা ঙম্নাংদি বাশা ফৈরাথক্তা য়াইরেক্‌ই হায়না খুম্‌খি।

অদুদি নং হোরেন্দি কদাইদা য়াইরেকনি হায়না তুমু মৈশাং-বনা অম্ুক্‌স্থ হংখি।

মরোই বাবা চেংঙ'চানা হোরেনস্থ অস্থম্‌ বাশা ফৈরাথক্তা য়াইরেকনি হায়না খুম্‌খি।

মরোই বাবা চেংঙাচানা য়াইরেক্‌পদি পুণ্ডং লাংণ্ডং থক্তা লেক্‌খি। মুমিৎ অদুদা ময়াম্বা তুমু মৈশাংবনা, বাশা ফৈরাথক্‌ পুণ্ডং লাংণ্ডংথক অনিমক্‌ নমুহুনা খিবদা, মরো'ই বাবা চেংঙাচাবু ফংহুনা, হি' চেত্রাং-গাই চেত্রাং য়াউজরে।

মতম অসিমক্তা শাখি মুংতা নিংখনুয়াং য়াংকোইশ' ভোম্বোক্লা, লৈমুংদগী মকোক্‌চীং, জিংথংলগা য়ে'লক্‌ই। অমস্থং হাইরক্‌ই। ইয়াম্বা তুমু মৈশাংবা, নংদি ইরোয় বাবা চেংঙাচাবু চাউজরবা,

অহুদি, ঐ নংগা নৈমিন্নবা ঙম্মরোই স্কিরে, ঐ চংলে হায়রম্নগা নৈম্নবা অম্নম্ হংখরক্লে। মতৌ অম্নম্না সবীনা নৈহুংদা অম্নম হংখরক্লসিদা খম্নুং খোংঙারেনগী যত্রা মথৎনা ফাউকরে। খম্নুং খোঙ্ঙারেম্না, নংদি কনা পোঁনে হায়ন হংলকুই। সবীনা তাইবঙ্ পোংনি হায়না খুম্খি।

খম্নুং খোংঙারেম্না তাইবঙ্, পাং হায়বা অমম্ব নৈত্রা? হংবদা, সবীনা, নৈ হায়না খুম্খি। খম্নুং খোংঙারেম্না অহুদি তাইবঙ, মমেন্নৈ লৌক্ল য়েংসি, হায়রকুই। সবীনা তাইবঙ্গী মমেন্নৈ লৌক্লই। খম্নুং মমেন্নৈগা, তাইবঙ্ মমেন্নৈগা, য়েংনবদা, খম্নুং মমেন্নৈবুদি তাইবঙ্ মমেন্নৈনা হেল্লে হায়খি। অমম্বং খুম্নুং মশেন্নাংবুদি, তাইবঙ্ মশেন্নাংনা হেল্লে হায়খি।

খম্নুং খোংঙারেম্না, নং কয়ি তৌরা লাকপনো হংবদা সবীনা হায়রকুই, ইয়াম্বা তুম্ব নৈশাংবা, ইরোয় বাবা চেংঙাচা, ঐখোয় নৈবদা, ইয়াম্বা তুম্ব মৈশাংবনা, ইরোয় বাবা চেংঙাচাবু, য়াওজরে। তাইবঙ্ পাম্বা ঙম্মোইদৌরে। তাইবঙ্ খুম্বে কৃপীয়ু হায়রকুই। সবীগী বা তাবদা, খম্নুং খোংঙারেম্না মনাও মুপা পোইরৈ তৌনবু তাইবঙ্ খুম্বোক্নু হায়রকুই।

পোইরৈতৌবা খম্নুংদম্ব পাত্রা ওই, তাইবঙ্দম্ব পাত্রা ওই, তাইবঙ্ পোংনোক্ চাউই হায় ইকাই, তাইবঙ্ খু স্বাকপা ঙম্মোই হায়রকুই।

থোঙ.ঙারেম নতৈমা লৈহাওতাবী লোয়নৌ হায়বকুই।

পোইরৈতোম্না মতৈমা লৈনাওতাবী লোয়নজনা সনরীপা, লত-রীপা তপু লাব, তয়াম্ লাবা, তাইমেং লিমাইবা, তন্দে থাংলবা, ছিহনা চাবা মরম চামা লিপন্. মুন্না চাগা মরম্ চামনিপান্, পুহনা চীঙ.থং যন্লাই মান্বগা লোইননা তাইবঙ. থুম্হোরক্লে।

লম্বীদা থোঙ্ হুংথোঙ. অচৌবনা, থুরু মুঙ.থোঙ. থিংঙম্মে। পোইরৈতোম্না মশিদি কনানা থৌনাগনি হংবদা, চিঙ.থং যনলাই মান্বনা. ইচৌ চীরেন্, য়েংলোম্দা সনা লোংথুম্ পানজন্ হুকপীয়ু। ওইরম থংবা চীরেন্দা. লুপ লোংথুম্ পানজন. হুকপীয়ু। থোঙ্ হুং-থোঙ. অচৌবা থৌনাগে হায়রে।

পোইরৈতোম্না চীঙ.থং যন.লাই মানবগী. মচৌ চীরেন্ য়েংলো ম্দা, সনা লোংথুম্ পানজন. হুকপীরে। ওইরম্থংবা চীরেন্দা লুপা লোংথুম্ পানজন. হুক্পীরে। চীঙ.থঙ যন.লাই মান.বনা থোঙ্ হুংথোং অচৌবা থৌনারগে হায়হনা. সনা লোংথুম্ পান.জন হুক্পা য়েংলোম্ থংবা চীরেন্না হাইববু থোঙ্ হুংথোঙ. অচৌবা ফেং-ফেং নোমই।

লুপা লোংথুম্ পানজন. হুক্পা ওইরম্ থংবা চীরেন্না অমুক হায়বদা থোঙ্ হুংথোঙ. অচৌবা, হুং-শুঙ. কা.-বাঙ., হাংদেক্লে।

শুরুং হুংথোঙ. হাংলথদা, পোইরৈতোম্না তাইবঙ. থুম্হোরক্লে।

পোইরৈতোম্বু লম্বীদা পাম্থা লম্কম্বনা লম্থংলে। পোই রৈতোম্না মশিদি কনানা থৌনাগনি হংবদা, উরিংনা ইতু লৈরু

শাবীয়ু; ইচিন, কাতি পানবীয়ু. পাম্বা লম্ফম্বা থৌনাগে হায়রে। পোইরৈতোন্না, উরিংপু. মতু লৈরুম্ শাবীরে. মচিন্ কাতি পানবীরে, উরিংনা পাম্বা লম্ফম্বা থৌনাবদা থৌনাবা ঙম্‌দ্রে।

পোইরৈতোন্না হাইরকই। হৌজিক উরিংনা পাম্বা লম্ফম্বা থৌনাবদা থৌনাবা ঙম্‌দ্রে। মসি কনানা থৌনারগনি।

পোইরৈতোন্না রা ত বদা, চরোইনা অমুক্ ইতু কালি শংবীয়ু, ইমৈ তেংকা পানবীয়ু পাম্বা লমফম্বা থৌনাগে হায়রে।

পোইরৈতোন্না চারাইবু মতু কালি শংবীরে মমৈ তেংকা পানবীরে, চরোইনা পাম্বা লমফম্বা থৌনাবদা থৌনাবা ঙমদ্রে।

চরোইনস্থ পাম্বা লমফম্বা থৌনাবা ঙমদ্রবদা পোইরৈতোন্না মসিদি কনানা থৌনারগনি হায়না অমুক, হংখি।

খোইমুনা ইনীং য়েতুম্ পানবীয়ু। পাম্বা লমফম্বা থৌনাগে হায়রবদা, পোইরৈতোন্না খোইমুবু মনীং য়েতুম পানবীরে। খোইমুনা পাম্বা লম্ফম্বা থৌনাবদা খোংবু-খোং লাউবু-লাউনা চেন্থ্রে।

মতৌ অদুম্না পোইরৈতোন্না, খমুংদগী তাইবঙ্ খুম্হৌরক্তুনা লম্লেন্, তোলোং কমপাক্তা. পান্বা খাই. শলাই য়েন্খি।

পোইরৈতোন্না ইহান, হান্বদা, শরা কবো থাইখি। শরা কবো ওইগদব নংনা. নংগী লেংন্, ময়েক, পুহুনা. নোংপোক্ হারম্ পাংনা কোইনখ্রো হায়খি। কাংবুদিনা নোংপোক্ পাংনা কোইনখি ব্রহ্মদেশ ওইখি।

মথংদা খোংনাং ময়াং থাইখি। খোংনাং ময়াং ওইগদবা ন'না, মোইবুং, পোংতম্ পু, কা য়াচু শংনা নোংচুপ, হারম্ পাংনা কোইনরো, কাংবুসিনা নোংচুপ, হারম্ পাংনা কোইনখি। খোনাং ময়াং ওইখি।

মথংদা চকপা ভাংবা, চগোং ভাংখুন, কবুই, মরিং, ত্রোদ্রাংনচিংবা চাং-পুম্নংক্ থাইখি। ইকোন্ কোংবদা লৈপাক্ অসিদি, চাকপা নযুম, পোইরৈ মৈতৈ নংগী ওইরো হায়খি।

মতৌ অদুম্না মীওইবা জাং থাইখি।

## তাইবঙ্গী মখোং মরী ঃ—

তাইবঙ্গী মখোং মরী হায়বসি মৈহৌরোন্নী, মৈহৌরোনগী শঙ্ তরেৎ লৈ। শঙ তরেৎ অদুদি অসিনিং—পুরৈরোম্বা, চীংশোম্বা, লোন্দুম্বা, কাইতিলা, কিয়াম্বা, মোংবাম্বা, খরোম্বা, হায়রিবা অসিনি।

## পুরৈরোম্বা, চীঙ্লোম্বা ঃ—

পুরৈরোম্বা, চীঙ্শোম্বা, হায়রিবা শঙ অনি অসি অহানবা বীহৌ—পাহৌফমগী খুদমনি পুরেন্ নীংকপা নাককী অনিগী নিংশিং খুদমনী। পু পুম্নক্কী অহুম্বা অরোম্বনি। মরম অসিনা ইগান্ হাংবা তাইবঙ্ হৌরকফমবু, পু পুম্নকপু লোম্বা পুরৈরোম্বা হায়না থংনৈ। লোইবী চীজাংওদগী লাইজনা তৎদনা চেম্বগুম্ তাইবঙ্ পুম্নমক্ থোক্‌থিবা ঈফুংগী মফমবু চীঙ্শোম্বা কৌই।

মশা মখুম্ ওইবা, অংইরুও.গী অহাম্বা লৌকম্ ওইরবা অমসুং পীচৌ পাচৌ অনিগী, তাঙ্খহুম্বা অহাম্বা খুবম্ ওইরবা শঙ অনিসীবু পুরৈরোম্বা, চাঁওংশোম্বা কৌই।

লোন্দুম্বাঃ—

লোন্দুম্বা শঙ, কিয়াম্বা নিংথৌগী মচাশিংগী খুবম্নি। শঙ অসিবু মহারুক্ কোশো কৌই।

কাইতিলাঃ—

কাইতিলা, মোংয়াম্বা নিংথৌগী, মচাশিংনি, শং অসিবু অহলুপ কোশো কৌই।

কিয়াম্বাঃ—

কিয়াম্বা নিংথৌ নাহারুক্ পানানি, পানাশিবু খুবম্ পানা কৌই। পানাগী খবম,—লাইফম, হায়হুনা পানা পাম্বোম অনি লৈ। খবম্গী পাম্বোম্দা খবম্ লাক্বনা মকে ক্লি। লাইফম্গী পাম্বোম্দা লৌমী লাক্বনা মকোক্লি। পান সিগী তৌফম থোক্পা, থৌ, তৌরবা মীওই পুম্নমক্কা হ'য়রিবা ফম্শিং অসি ওইরে। শঙ অসিদা পানা পুংজাও অমা, লাংতৈপুং অনি লৈ। শং অসি লাইনিংথৌ য়ুম্বাল লৈবা য়ুম্থোং খুদিং নিংথৌ ওইবা লোইশ'নি।

মোংয়াম্বাঃ—

মোংয়াম্বা নিংথৌ অহলুপ্ পামানি। পানাশিবু লাইফম পানা কৌই। পানাসিগীসু খুবম্ লাইফম, পানা পাম্বোম, অনি

লৈ। পানাগী তৌফম্ থোক্‌পা থৌরম্‌শিং তৌরবা, কানা হল্লবা মীওইশিংনা ফম্ মথং মথং কারক্‌না, লৌমী লাক্‌পা, থাবম্ লাক্‌পগী ফম্‌শিং ওইরে। পানাগী ফম্ লোঈহুনা লেম্‌গ্রবা অহন্‌শিংবু লাই ওইনা ইকাই খুম্নবা থম্ই। শঙ্ অসিদস্‌ পানা পুংজাও অমা লাংতৈপুং অনি লৈ। হায়রিবা শঙ্ অসিবু য়ুম্‌থোং খুদং নিংথৌ ওইবা, লাইনিংথৌ য়ুম্লাল্ লৈবা লোইশংনি।

## খবোম্বাঃ—

খবোম্বা শঙ্, খুাইদগী মরু ওইবা মৈহৌরোন্‌গী শংনি। শঙ্ অসিদা মখেলম্‌গী মুত্রবা লৈহৌরোন্‌গী মৈফম লে। শঙ অসিদা নাহারুপ পানা, অমসুং অহল্লপ্ পানা, অনিকক্না মৈহৌরোন্‌গী থৌগন, চংই মুৎত্রবা মৈহৌরোন্ মৈফম্ লৈবা শঙ্ অসিবু পা পুন্নমক্না নিংথৌ, পানম্‌নিংথৌ শঙ্‌লেন্ কৌই। শঙ্‌লেন্ অসিদা, থোং অহুম্ পুংলেন্ অমা লৈ। পুন্না মৈহৌরেন্‌গী, থোং অহুম্ পুং তরেৎ লৈ।

## থাশি লুপাক্‌ঃ—

মৈহৌরোম্না থা খুদিংগী থা শিবগী শোয়াৎ তৌই। মৈহৌরোম্না তৌরিবা, থা শিবগী শোরাৎপু, থাশি লুপাক্ হায়না থংনৈ। থানা থাশি, পুর্নিমাদা চৎপগুম্ তাইবঙ্‌সু পাক্‌পা শিবগী চক্রেদা চৎলি।

## ময়েক্‌ঃ—

তাইবঙ্‌সি হৌরক্‌পদা ময়েক্‌য়াওই। তাইবঙ্‌গী মরী মথোংগা, কোম্নবা মৈহৌরোন্‌গী ময়েক্‌পু মৈতৈ ময়েক্ কৌই। মৈতৈ ময়েক্

কুম্থ্রামঙা অন্ক্সী থারগা কুম্থ্রাতক্কী। ময়েক্ অসিগী ক্লাস, মথং মন'ওগী হিরম্ব চাতা কৌই।

মৈহৌরোন্ ময়েক্কী চা-তাশিং

| মমিং | চাতা | মমিং | চাতা | মমিং | চাতা |
|---|---|---|---|---|---|
| কা - কি | " | গাম—গীম | " | কোই - খোই | " |
| কাং - কিং | " | কাক - কীক্ | " | কোঈ - খোঈ | " |
| কাঙ্—কীঙ্ | ,, | কাৎ কিৎ | ,, | কাউ - খাউ | ,, |
| কান্—কিন্ | ,, | কাপ্—কিপ্ | ,, | কাউ খ'উ | ,, |
| কাল - কিল | ,, | কাই - খাই | ,, | কুই খই | ,, |
| কাম্ - কিম্ | ,, | কাঈ - খাঈ | ,, | কুঈ - খুঈ | , |
| কৌ—খৌ | চাতা | | | | |
| গৌ খৌ | ,, | | | | |

মথক্কী সি চাতা অমমম্নি। চাতাশিং অসিগী মখাদি কিয়ো, কোরোনি। কিয়ো কোরো মপী মাপন্নি। মথক্কী চাতা শুম্মক্ কিয়ো, কোরো মাপমসিদা লোইন হনজিনগদবনি।

মথক্কী চাতাশিংগা কিয়ো, কোরোগা তিন্নরকপা চাতাশিং :—

| মমিং — মমিং | চাতা | মমিং — মমিং | চাতা |
|---|---|---|---|
| কা···কি - কিয়ো | ,, | কাপ্ - কীপ্ - কিয়ো | ,, |
| কাং···কিং | | কাই···খাই | |
| কাঙ · কিঙ্ | | কাঈ - খাঈ | |
| কান্ ··কিন্ | | কোই···খোই | |
| কাল্ - কিল্ | | কোঈ···খোঈ | |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| মমিং — মমমিং —চাতা | | | মমিং… | মমিং…চাতা | |
| কাম | কিম কিয়ো … | ,, | কুই | খুই | কিয়ো… ,, |
| গাম | গীম | ,, | কুঈ | খুঈ | ,, |
| কাক্ | কীক্ | ,, | কাউ | খাউ | ,, |
| কাঙ | কিঙ | ,, | কাউ | খাউ | ,, |
| মমিং — কোয়ো চাতা | | | মমিং — কোয়ো চাতা | | |
| কা | কি | ,, | কাপ্ | কিপ্ | ,, |
| কাং | কিং | ,, | কাই | খাই | ,, |
| কাঙ্ | কিঙ্ | ,, | ক'ঈ | খ'ঈ | ,, |
| কান্ | কিন্ | ,, | কোই | খোই | ,, |
| কাল্ | কিল্ | , | কোঈ | খোঈ | ,, |
| কাম্ | কিম্ | | কুই | খুই | ,, |
| গাম্ | গিম্ | ,, | কুঈ | খুঈ | ,, |
| কাক | কিক | , | কাউ | খাউ | ,, |
| কাঙ | কিঙ | ,, | কাউ | খাউ | ,, |
| মমিং — মমিং — চাতা | | | মমিং … মমিং … চাতা | | |
| কা | কি গনো | গানো | কা | কি গনো | গানো |
| কাং | কিং | ,, | কাপ্ | কীপ্ | ,, |
| কাঙ্ | কিঙ্ | ,, | কাই | খাই | ,, |
| কান্ | কিন্ | ,, | কাঈ | খাঈ | ,, |
| কাল্—কিল্ | | ,, | কোই—খোই | | ,, |
| কাম্—কিম্ | গনো | গানো | গোঈ…খোঈ | গনো | গানো |

| | |
|---|---|
| মমিং — মমিং চাতা | মমিং — মমিং — চাতা |
| গাম্ — গীম গনো গানো | কুই …খুই গনো গানো |
| কাক্ — কীক্ | কুঈ খুঈ |
| কাৎ — কীৎ ,, | কাউ — খাউ ,, |
| | কাঊ খাঊ ,, |
| মমিং — মমিং — চাতা | মমিং — মমিং …চাতা |
| কা…কি কালো ,, | কাই — খাই কালো ,, |
| কাং কিং ,, | কাঈ খাঈ ,, |
| কাঙ্ কিঙ্ ,, | কোই খোই ,, |
| কান্ কিন্ ,, | কোঈ খোঈ ,, |
| কাল্ কিল্ ,, | কুই খুই ,, |
| কাম্ গিম্ ,, | কুঈ খুঈ ,, |
| গাম্ গীম্ ,, | কাঊ খাঊ ,, |
| কাক্ কিক্ ,, | কাউ খাউ ,, |
| কাঙ কিঙ ,, | কৌ খৌ |
| কাপ্ কিপ্ ,, | গৌ ঘৌ ,, |
| মমি — মমিং চাতা | মমিং — মমিং চাতা |
| কা কি কুও ,, | কাই খাই কুও ,, |
| কাং কিং ,, | কাঈ খাঈ ,, |
| কাঙ্ কিঙ্ ,, | কোই খোই ,, |
| কান্ কিন্ ,, | কোঈ খোঈ ,, |
| কাল্ কিল্ ,, | কুই খুই ,, |

| | |
|---|---|
| কুঈ – থুঈ – কুঙ – চাত্তা | কৌ – খৌ – কুঙ – চাত্তা |
| কাউ থাউ | কৌ ঘৌ |
| কাউ থাউ | |

| | |
|---|---|
| মমিং — মমিং চাত্তা | মমিং — মমিং – চাত্তা |
| কা – কি – কম্মো চাত্তা | কাই থাই কাম্মা – চাত্তা |
| কাং – কিং | কাঈ – থঈ |
| কাঙ্ – কিঙ্ | কোই – খোই |
| কান্ – কিন্ | কোঈ … কোঈ |
| কাল্ কিল্ | কুই – থুই |
| কাম্ – কিম | কুঈ – থুঈ |
| গাম্ – গিম্ | কাউ থাউ |
| কাক্ – কিক্ | কাউ – থাউ |
| কাং কিং | কো – খো |
| কাপ কিপ | গো ঘো |

| | |
|---|---|
| মমিং — মমিং চাত্তা | মমিং — মমিং — চাত্তা |
| কা .. কি — কিলি চাত্তা | কাম্ কিম্ পিলি চাত্তা |
| কাং – কিং | গাম্ গীম্ |
| কাঙ্ কিঙ্ | কাক্ – কিক্ |
| কান্ কিন্ | কাৎ – কিৎ |
| কাল্ … কিল্ | কাপ্ .. কিপ্ |

কাই···খাই
কাঈ --খাঈ
কোই খোই
কোঈ খোঈ

মমিং ··· মমিং চাতা
কা--কি= কিল্লী·--চাভা
কাং · কিং
কাঙ্ -- কিঙ্
কান্·--কিন্
কাল্···কিল্
কাম্ ··কিম্
গাম্ - গীম্
কাক্ — কিক্
কাৎ· কিৎ
কাপ্·· কিপ্

মমিং — মমিং···চাত
কা --কি= অর্কো চাতা
কাং -- কিং
কাঙ্ - কিঙ্
কান্ - কিন্
কাল্·- কিল্

কুই·--খুই
কুঈ-- খুঈ
কাউ খাউ
কাঊ খাঊ

মমিং ··· মমিং - চাতা
কাই খাই - কম্মো চাতা
কাঈ খাঈ
কোই···খোই
কোঈ·· খোঈ
কৌ····খৌ
গো ঘৌ
কুই --খুই
কঈ —খুঈ
কাউ—খ উ
কাঊ···খাঊ

মমিং ··· মমিং—চাতা
কাক্ · কীক্ = অর্কো—চাতা
কাৎ - কিৎ
কাপ্ কিপ্
কাই খাই
কাঈ·· খাঈ

কাম্ কিম্ কুই খুই
গাম্ ··গীম্ কুঈ খুঈ

মথক্তা পন্ক্রখিবা, ময়েক্ অসি, মীহৌরোন্‌গা কোন্নবা মৈহৌরোন্‌গী. ময়েকনি। অত্তগা তাইবংসি হৌরক.পদা চীং.না হাল্লি। চীঙদা মঙা লৈ।

মথক্তা হায়খিবা, মীহৌরোন্ পোক্‌পা, অমসুং মীহৌরোন্না শেম্বা, মৈহৌরোন. অসি পুং, তরেৎনা কোইশিন.বা লমগী মনুংদা লৈ।

## পুং তরেৎ অদুদি ঃ—

লাইজিঙ, মারজিং, হেরীচাঙ, হয়ুমচীঙ; পীশচীং, শোয়ান্নুং হায়রিবা তরেং অসিনি।

## লাইজীঙ ঃ—

লাইচাঙ পাইরো পাংকী নোংপোক্ চিঙাইদা, য়াইরিপাক্ য়ামপেমগী অরাংদা লৈবা পুং অমনি। পুং অসি নেংমাইজিঙ নুমিৎকী পুংনি।

## মার্জিং ঃ—

মার্জিং অন্দ্রো সনাপাৎ খুন্দা লৈবা পুংনি। পুং অসিদি অনিশুবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী পুংনি।

## হেরীচীঙ ঃ—

হেরীচীঙ চায়ান্‌গী অহমশুবা পুংনি। মসি অরাংকোক্ হমীরৌ মপান্দা লৈবা ময়াম্না থুমখোং চাঙতুম, হায়না খংনবা পুংনি, পুং অসিদি, লৈপাক্‌পোক.পা নুমিৎগী পুংনি।

### হয়ুম্‌চীঙ ঃ—

থোইদোক্‌ হেন্দে'ক্লা ময়াম্না খনরবা ঙাই র'ৎ নোংমাইজিঙ চীঙজাওবু, হয়ুমচীঙ কৌই। তাইবংপান্‌ মীওইপোক্‌ হায়বসি অহানবদা হয়ুম্‌চীঙদগী হৌরকই। চয়োন্‌গী মনু দা মসিনা য়ুম্‌শ-কৈশ নুমিংগী পুংনি।

### পীশ চীঙ ঃ—

পীশচীঙ হায়বা পুং অসি কৈরাও থোঙগ্রাংবীদা লৈবা পুং অমনি। চয়োন্‌গী মঙশুবা শাগোলশেল্‌ নুমিংকী পুংনি।

### লমমেন চীঙ ঃ—

লম্‌মেন্‌চীঙ অংথা ঙারীয়ান্‌ চীংখোংদা লৈবা পুং অমনি। পুং অসিদি তরুক শুবা পুংনি। মসি ইরাই নুমিংকী পুংনি।

### শোয়াবুং ঃ—

নোংমাইজিংগী খা থংবদা লৈবা পুং অমনি। মসি য়াইথো পাৎতা লৈ। মসিনা থাংশ নুমিংগী পুংনি।

হায়রিবা পুং তরেংনা কোইশিনবা লম্‌ অসি, মৈহৌরোন্‌গী লম্‌নি। মসিগী মনুংদগী তাইবং হৌখি।

তাইবঙ অসি লৌমী অমনি। তাইবঙপান্‌বগী মশক ওইবা লৌমী অসিগী, অর' থংবা শন্না মৈহৌরোন্নী। দিতি থংবা শন্না ঈহৌরোন্নি। লৌশীনা মীহৌরোন্নি। তাইবঙ মী অমম্বী লোক্তগী হৌরকই। তাইবঙ মী হৌরকপা মফম্‌ অমম্বী লোক্‌ অসি ঈহৌরোন্‌গী মফম্‌নি। মফম্‌ অসিদা ইরাৎফুদা ঈশিং পুজা তৌগদবনি। মসিন্‌তাইবংমবু পোকপীরম্বা পলেম্‌ ইমাদুগী

সেবা তৌবনি। মৈহৌরোন্না তৌরিবা মৈগী সেবা অসিনা পস্থৌ ইপাগী সেবা তৌবনি। পলেম, পস্থৌগী সেবা তৌবনা অথোইবা ধর্ম্মনি। ঈহৌরোন, অমন্বী লোক লাইরেম্বীদা তাইবঙ পুম্নিনা হিংলিঙৈদা ঈশিং খুয়া অমগুং কংচবা ঙমলবদি অথোইবা ধর্ম্মনি। মীওইবনা শিরবা কান্দস্থ হৌরকফম্‌দা তিনখিনবগীদমক নাম ফিতোন, পুম্নমক অমন্বী লোক্তা থিনগৎপনা হেন্না ফৈ। মীওইবনা হিংলিঙৈগী চৎনরোন, পাথাপ পুম্নমক্তি মৈহৌরোন্দা চৎনগদবনি লৌমীনা শল অনিবু হোইত্তুনা চৎপগুম, ঈহৌরোন মৈহৌরোন অনিগী থৌরম মীদনা তৌগদবনি।

* * *